# মৈরা পরেংগী থাউমৈ

লৈশাংখেম ইবেয়াইমা

পুখোকচবা ঃ

তখেল্লম্বম গুলাপী সিংহ

ফোঙজবা ঃ

য়ুঃ গাক্কি, নিল্লাকুথি

# MEIRA PARENGEE THAOMEI

A collection of Manipuri Poems by :

**Leishangthem Ibeyaima**


অফোঙবা ঃ য়ুঃ গান্ধী, নিঙ্গাকুথি

পুথোকচবা ঃ ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেলূপ (ইমাখোল)
গীদমক অহানবা ওইনা
তখেল্লম্বম গুলাপীনা পুথোকচবা

ফংফম থোকপা ঃ অহৈবী

মখুম য়েকপা ঃ লুখোই[illegible]

কোপী মশিং ঃ ৭০[illegible]

মমল ঃ লুপা ৫[illegible].০০

নম্ফম ঃ অঙ্গবা প্রিন্টর্স, গোভর্ণর রোড, ইম্ফাল।

টাইপ সেট ঃ টুডেস কম্প্যুটর্স, হিলভান হাউস
গোভর্ণর রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

শৈরেং ইববু কত্তবা থবক্না? শৈরেংগী লাইরিক ফোঙবা পাপ অমরা? ফেশন শো য়াওই হায়বদগীদি শৈরেং ই হায়বনা হেন্না হরাওই। কৈদৌঙৈনো অমদি শৈরেং হায়বসি নুপীদনা ইগদবনি হায়নবু খনখি। নুপী ওইরবসু নুপা ওইরবসু শৈরেং ইনিংলক্লবদা করিগী থিংগনি!

মতম অমা লৈকায়গী ইচল ওইরম্বী অমনা মহাক্না ইবা শৈরেংগী চবুন অমা খরা পাবিয়ু হায়দুনা পীশিল্লক্লবদা করম্না হিকতোক্কনি? মতম অমগী লৈকায় ইচলনি ইবেয়াইমা। মহাকপু পোকপা লৈশাংথেম ইবোবীদা মাম্ম কৌই ঐনা, মাবু পোকপী শ্রীমতি অঙৌবী দনা ইনে কৌই। ইবেয়াইমসু মাগী মচীন-মনাওশিংগসু থোইনা হেন্না তোরোং খোইদনবা ওইখিদ্রবসু মাম্মগা ইনেগদি ঐগা য়াম্না চান্নখি। ঐবু উবদা হরাও-হরাও হেক্তা নোক্লকখি মাম্মনসু ইনেনসু। ফাগী জুগাই তৌনদুনা নোকমিন্নখি। মশা-মউ তনান তনানবনি মাম্মদুসু ইনেদুসু। মাম্মদি লৈখিদ্রে। ইনেসু শোল্লে হায়। উখিদবা কুইরে। নুংশিরকই মতমদু। ইনেহোয় মাম্মহোয়না য়াম্না লুনা তৌবিখি ঐবু।

কুইরবগী তুংদা নোংমা ইথা থাজদনা ইবেয়াইমনা ঐবু কৌরকখি, মাবু খণ্ডম্রবরা হংলকখি। মদু জে.এন. দান্স একাদেমিদরা, কদাইদনো চপ চানা নীংশিংবা ঙমদ্রে। মহাক্না কৌরকপা খুদক্তা মাবু খণ্ডবা ঙমখিদে, উম্রবা খণ্ডম্রবা কনানো অমনি হায়বদংনি পুক্নীংদা ফাওখিবা। চীন্দবুদি হায়দোকখি "করিগী খণ্ডোইদৌরিবনো নণ্ডবু।" তপ্না তপ্না মীৎকূপ খরগী মতুংদা শেংনা নীংশীংলকই - এ. মাম্ম ইবোবী গী মচানুপী য়াইমা ইবেয়াইবনিদনা। নুমিত্তুদা ইবেয়াইমনা মাসু শৈরেং খরা খরা ইরে, নোংমা

পুরক্কে খরা য়েংবিয়ু হায়রম্মি। নোংমা-নীনী মহাক লাক্কদবোই নীংখি, লাকখিদে' অদুদগীদি ঐসু কাউথোকখ্রে। হন্দক্তা অমুক থেংনৈ, সেপ্তেম্বরগী তারিখ ৩০ দা, জে.এন.দাস একাদেমিদা, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী মনা য়েম্খ্রেকপা নুমিত্তা। ''কৈদৌঙৈ লাকওগে তাইচা?'' হংলকপদগী ঐনা নুমিৎ থারম্মি। ঐনা থারম্বা নুমিত্তুমক্তদা মৌপ্পা অতোম্বগা লাকমিন্নে তাইপ-সেত তৌবা লোইরবা ফোঙগদবদা ঙায়রবা মাগী শৈরেংশিং পুরদুনা। ফোঙগদবা নুমিৎফাওবা লেপ্লগা য়ৌরকপনি। করিনো খরা ইবিদবা য়াদে হায়রম্মি হন্না হন্না।

করিবু ইগনি? শৈরেং পামজবা মী অমনা শৈরেংগী ইরক্লিবী অমবু হরাও-হরাও ওকপা নত্তনা? ইবেয়াইমনদি খঙলমদবসু য়াই - ঐ অসি শৈরেংবু পামজবদনি শৈরেং খঙবা মী নত্তে হায়বা। ইবেয়াইমগী শৈরেংশিংসি পারগা ঐনা খঙবা হায়ববু - ইবেয়াইমা শৈরেংদা ঙাওরি - মসিদনি। পাক্লবা শৈরেংগী ঈপাক-ইরেন্দা ইবেয়াইমা ইরৈ অমগী মথক্তা উরু-উরু উংলি। ইরৈসিদা মহাক্না থেংনরিবসি মপূং ওইনা মমা লমদম মণিপুরগী শক্তম্নি। পামজদবা ওইহন্নীংদবা শক্তম্না অয়াম্বনি। পামজদবা ওইহন্নীংদবা ঙাক্তা মথং মথং সুম থেংনরকপদগী খাঙবা ঙস্রব্রদুনা শাউরকই:

হয়েংমুক্কী মপোক্তদি
অন্দামান নিকোবর তোর্বান্দা
মোইবুং ওইনা পোকচরুগে

পেনমন্দদুনা হায়দোকখিবনি। মমা লমদম্মু নুংশিমন্দুনা হোন্দোকখিবা নিংশা স্বর মপীনি।

কনাগুম্বা কবি অমনা শৈরেংগী ইরৈ অমদা উংদুনা লৈবা কায়দে। ঐখোয়না হেন্না পামজবদি কবিগী শৈরেংনা ঐখোয়বু চিংদুনা পুবিবনি, মাগী শৈরেংগী ঈরোম্নুংদা ঐখোয়বু কোক পায়দুনা নমশীনবিরগা

ঐখোয়না উবমদবশিং উহনবিবনি, ঐখোয়গী পূক্লীংদা ফাওরমদবশিং মাগী শৈরেংনা য়েরগা ফাওহনবিব্নি। মসিগী মথক্তা শৈরেংগী আর্টনা ঐখোয়বু পূমতাও তাওহনবিবসূনি।

ইবেয়াইমদা শৈরেংগী মিহুন অমদি হল্লে। য়ূমগী মৌ অমগী চিল্লবা থৌগাই মরক্তা লৈনা লৈনা শৈরেং ইবা অরায়বা থবক ওইরম্লোই। অরুবা ফল ওইরবসু মথোন্দা হল্লিবা শৈরেংগী মিহুনসি লেপখিদ্রবদি মাগী মতুং তারকপা শৈরেংশিংনা ঐখোয়না পামজরিবসি ফংহনবিরক্কনি হায়না আশা তৌবা তাই।

৮ ওক্তোবর, ২০০৩ য়ূমলেম্বম ইবোমচা



# ব্রাহে মঙা তরাদং

মণিপুরী নুপী অইবগী মশিং অসি য়াম্নমক লীক্লা থেংনদুনা লাক্লি। অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা লৈশাংথেম ইবেয়াইমাগী কবিতা গী *"মৈরা পরেংগী থাউমৈ"* হায়না মিংথোনবা লাইরিক অমা ( াওলকপা হায়বসি তরাম্না ওকচনিংই। মাগী শৈরেং কয়া, করেন্ট এফেয়ারগী ব্রারেংশিং শকনায়বা লমদম অসিগী পাউচেশিংদা মশীং থিবা ঙমদনা থেংনগ্রবনি। অইবী অসিগী শৈরেং অয়াম্বা সমাজ সংস্কারগীদমক খুৎ থাবা থেঙনৈ। হৌজিক হৌজিক মণিপুরী খুনায়দা থেংনরিবা শান্তি ফংদ্রবা পুন্সি, অওৎ-অনৈ, মীনা মীবু ইকায়খুম্নবা ব্রাৎনরকপা ময়াম অমগী মমি তাবা থৌদোক ব্রাথোক কয়াগী পাউদম য়াওরি। পেন্দবা কয়া অমা, তাইবংগী লৈত-লাইরগী চৈথেংলক্তা থেংনরিবী মমা কয়াগী তেঙথাখোল কেক্রু পাৎকি শৈরেংশিংগী মরক্তা আশা থমজবা শৈরেং অনৌবা চহিবু ওকচবা থিমদা শাগৎতুনা ইরকপা অসিদি শারবা কালেনগী লৈতঙ্গাই মরক্তা লৈবাকলৈনা লৈশাৎ তম্লকপগুম অপাবশিংদা সাহিত্যগী মহাও অমদি ফংহল্লে হায়না খঞ্জে। অথৌবা মপারি কয়া পোকগ্রবী মণিপুর ইমাগী মচাশিং শৈথাবদসু অইবীনা ফজরবা কলাগী ওইবা ব্রাহে ব্রাতা কয়া মরাং কায়না শীজিন্নরি। মাগী শৈরেংশিং অসিদি অরিবা অমসুং অনৌবা যুগকি লংদাই অমগী ওইবা মরক অসিদা পুথোকখিবা মঙুন লৈবা শৈরেং ঙাক্তনি। মাগী শৈরেংশিংদি রিয়েলিষ্টিক্তা য়ুম্ফম ওইনা

শাগৎলি। অৱাবা মরক্তা নুংঙাইবগী পুন্সি ঈশৈ শক্লা শক্লা চৎলিবী কবি অমনি। মতুংদসু হেন্না ফবা লাইরিক কয়াদা খুৎ থাবীরকখিগনি খঞ্জে। খ্বাইদগী নুংঙাইজবদি নুপী কবি অমা খুনায় অসিদা হেন্জৎলকপা অসিনি। মহাক্লা অৱাংথংবা মায়কৈদা লমজিংবী অইবী অমা ওইনা লৈহৌনবগী থৌনা ঈশ্বর মানা পীনবিবা ওইরসনু।

রাজকুমার পুণচন্দ্র
প্রসিদেন্ট,
ইরৈবাক মীয়ামগী অপুন্বা, খোর্জৈ লূপ
(ইমাখোল)
অৱাং পোৎশংবম

তাং ১০।১০।২০০৩



# ব্রারোল অমতং

হন্দক পুথোরক্লীবা তখেল্লম্বম ওঙবী লৈশাংথেম ইবেয়াইমা গী অহানবা সাহিত্যদা তম্বা খুদোল *"মৈরা পরেংগী থাউমৈ"* হায়বা শৈরেং লাইরিকসি খুৎই ওইরিঙৈদা উজখ্রে। ইবেয়াইমা ওল ইন্দিয়া রেডিওগী লিরিশিষ্টনি। মণিপুরদা নুংতিগী ফোঙলিবা খবম খরদা ব্রারেং শৈরেং কয়া ইদুনা ফোঙলক্লিবী, অব্রাং মায়কৈগী নুপীরক্তা মাঙজিন থারীবী, মশক্লাইবী অইবীনি। মীওইবগী ব্রাখলদা শাফু কন্না ফাওরকপা ঈথিলশিং অদু মহাক্লা নিঙতম্না ফোঙদোক্লিবা শৈরেংশিংনি। মহাক্কী শৈরেংশিংদা য়াওরি মহৌশা লাইরেম্বীবু শৈথাবা *"তাম্না উরিবা চীংদোন মচা মচাদা/ অঙৌবা লৈচিল মপৈ মপৈনা/ফজবগী মথক্তা/হেন্না পুক্লিং হুহল্লি/ নুংঙলহল্লি থম্মোয়/ইমা নঙগী খুৎশেমসে"*। অথৌবশিং নিঙশিঙদুনা শৈথাবা কেক্রুপাৎ শৈথাবা, শর্মিলা ব্রাখল্লোন পুব্রারীগী মচাক ওইরকপা, মীপুম খুদিংমক মান্নবা হক ফংমীন্নবা পামজবা, মীয়ামগীদমক্তা থব্রায়না পোম্থ পীথ্রবা শহিদশিং শৈথাবা, মাঙথরক্লিবা কায়থরক্লিবা খুন্নাই অসিগী ফিভম উবদা পেন্দদুনা শৈথাজবা, অইবী অসিনা লাই তোংলকপা মিৎকুপ্তা ব্রাখলদা শাফু কন্না ফাওরকপশিং অদু ইথোকপনি। মহাক্কী শৈরেংশিদা হায়রি *"অচুম্বা নঙ অমুক্তা লাকহন্নিংই/তাইবঙপানসে তশেংনা হাকমল্লে/ঙাইবদি শাথিনা ব্রাগদৌরি।"* হায়নৈ তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা খুৎনা হন্দগদি থোকউ য়াদে। ব্রাখলনা খনবদু খুৎনা হন্নগা

থোকপনি। হায়বদি খুৎসে তম্ফা য়াই ওইবানি। ঙাসাদ ইবেয়াইমগী তম্ফা-য়াই ওইবা খুৎনা ইরগা মহাক্কী কোক্না খনবা অপাম্বা য়াখল অদো পুথোরক্লে। মহাক্কী অপাম্বদো থোরক্লে। ঐখোয়গী ইরমদমসিদা থোক্লীবা য়েংহৈ তাহৈদ্রবা, জিব, শা-ঙা হাৎতোক্তুনা মহৌশাগী খল থুগায়দুনা, মীনা মীগী শাজৎ চৎলক্তবা অসিনচিংবা কয়া উরুরগা শৈথাদুনা ইরকপা, অফবা খুন্নাই পামজবদগী ইখিবনি হায়বসি পারগা খঙবীগনি।

ইরেয়াইবা দেবী ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লূপকীসু শরুাইবী এক্সিকুটিভ মেম্বর অমা ওইবীরীবীনা অসিগুম্বা শোথরবা লমদম অমগী লমজিং লময়ানবী ওইদুনা লাইরিকসি পুথোরকপদা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচনিংই অমদি মতুংদসু হেন্না ফবা কয়া পুথোরকপা ঙমদুনা মনা মথুম ফংবা ওইহল্লীসনু।

*কেশো সিংহ ইরেংবা*
ফাউন্দর জে: সেক্রেটরি,
ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লূপ
অৱাং পোৎশংবম খুনৌ।

তাং ৫।১০।২০০৩



# রোমান্টিসিজমদগী নাম্ভোকপা ঙমদবা (অইবী অমা নৌহৌননা থোরকপা)

মণিপুরী সাহিত্যদা নুপী অইবী য়াম্না তাংলি। ইম্ফাল ইষ্ট জিলাদা অমুক্কা হেন্না তাংলি। খুৎ থেক্কুনা পাবা য়ারি। অসিগুম্বা চিরবা মতমসিদা লৈশাংথেম ইবেয়াইমা (কোইরেঙ্গৈ : ১৯৬০ - ) না সাহিত্যদা খোঙদারকপা অসি মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদদি লৈতেং অমদি মগুন অমনি। মাগী শৈরেংগী খোভনিবা লাইরিক *"মৈরা পরেংগী থাউমৈ"* হায়না মমিং থোনবা লাইরিক অসি ফোঙদ্রিঙৈ কম্প্যুটর টাইপ স্ক্রিপতা মাংজৌননা পাবা ফংজখি। ফজবদি ফজৈ হায়দবা ঙমদে। মগুন লৈবা কলাগী হৌনশানি। অইবীনা ইমাজিনেসন অমদি রিয়েলিটি অনিগী পুনশিনবা কেতালাইজগী মশক অমা পুথোকরকপনি। মসিদা নুপী ওইবীগী থোংলবা থম্মোয় হুবা য়াওরি। মতম্না পুরকপা পুন্সিগী মশকসু উৎলি। ঙরাং ঙসিগী পুন্সিগী খোঙচত্তা থেংনখিবা থৌদোকশিংসু হিষ্টরিকেল পার্সপেক্তিভ ওইনা উৎনবা হোৎনরি। পুব্রারীনা মীরাইবিরবা পুন্সি খরগী পরিচয়সু পীরি। মরৈবাকপু নুংশিবা পেট্রিওটিজম, পুব্রারীগী ব্রারীবু মাংহন্দনা থমনিংবগীদমক মাঙপ্রগদবা সংস্কৃতিবু অমুক নৌহৌনা য়োকখত্তুনা হিঙৎহনবা পাম্বা রিভাইভেলিজম গী মতাং, পৃথিবীদা তাংলবা কৈবুল লমজাওগী 'সঙাই' গীদমক্তা দিভোসন তৌজবা, কেক্রুপাৎগী পুব্রারীদা জুন ১৮, ২০০১ গী হিস্টরিকেল ইপিসোদনা মরৈবাক নীংবগী পাউজেল পীরিব, মণিপুরগী মীৎমাংদা থোক্লিবা থৌদোকশিংগী সিনেমাতোগ্রাফিক ইমেজ অমদি নুপীগী থম্মোয় লৈনাগুম্বী থম্মোয়দা মমি তাখিবা নুংশিবা নুংশিবনা তুংলমচৎকী পুন্সি লম্বীদা পীরিবা ঈথৌলাংবা - লোংগীংস ইন ইনফিনিটি গা লোয়নবা রোমান্টিক ইরোনি অদুগা পোলোয়দনা রোমান্টিক এগোনি নচিংবগী মশকশিং য়াওরি।

অইবী রোমান্টিক কবিনি। রোমান্টিসিজমদা থাজবী। মদুনা রোমান্টিসিজমগী হৌনশা পুম্বা অইবীগী কলাগী পোৎতা ময়েক শেংনা মমি তারি। পুন্সিগী মহৌশা খোঙচৎপু অইবীনা ঈখৌ লাংলি। নাথেদুনা থক চৎকে খন্দে। মসিনা লোয়নবা পুন্সিগী অৱা-নুংঙাংগী ঈচেলদসু শরুক য়ারি। কায়নবা থুংনবসু পুন্সিগী মচরিংনি। নীংঙমদবনা পুন্সিগী লেংদ্রবা স্মৃতি চিহ্ন ওইহৌরবদা অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবনা অমর ওইনা লৈহৌই। ডা. কমলগী মাধবীগুম মদুনা থম্মোয়দা ঈহুল ওইদুনা নুংদা চাক্লকই। মমৈথঙদা খাংঙমদদুনা শোঞ্জরকই।

ঐগী ৱাখল নুংশিবা/মাগী লাকঙম ফাঙমদবা/নুংশি ঈনোং অকনবনা/ঐগী থম্মোয়গী তোৰ্ব্বান্দা তত্তনা য়েররি মনিং তম্না/খাংবদি শাথিনা ৱাই।' (হায়ররোই ঐদি)

অইবীনা পোলোইদা ফোঙদোরকই - আশা কয়ানা নিরাশা ওইরকপা, থুংনবগী মহুত্তা কায়নবা শিলহৌবা, অৱাবদা অৱাবগী মৈ অমুক হাপচিল্লকপা রোমান্টিক এগোনি গী দষা। মদুনা হায়রকই -

অদুবু কুন্দো পরেংদুদি/লম্নানবী মাগী শরুক তম্নমখি/ঐগী অনিংবগী ওম্ন-তৈনবদা/নঙগী নুংশি পম্বুং শেমখি/নুমিত্তুদা ঐগীদি পুন্সিগী/নীংবা কায়রবী ওইখ্রবনি/(অদুবু কুন্দো পরেংদুদি)

ৱারোইশিন্দা হায়নিংবদি কবি ইবেয়াইমা - সাহিত্যগী গী সেবারী অমা ওইরবনি। মীংচৎনা তরাম্না ওক্কদবগী ঙাইরিবনি। তুংগী আশা য়াম্না লৈরি। শকখঙলবা অইবা কনাগীসু মমি তাদ্রবা ওরিজিনেলিটি অমগী মশক্কা লোয়নবা মপাউখোল অমা মণিপুরী শৈরেংদা নীংখা তম্না ফোঙদোক্লিবা অসিমক মাই পাক্লবনি।

আশির্ব্বাদ পীজরি।

ডা. শরতচন্দ্র লোঙজোম্ব
স্কোলার ওফ দি. লিট, (সাহিত্য)



# অফোংবগী ৱারোল

লাইরিক ফোংনবা হোৎনবদা ৱাববুদি ৱাহে খরা অসি করম্না ইগদবনো খনবদা হেন্না অরাবা অমা ওই।

লৈশাংখেম ইবেয়াইমা ঐগী ইতৈমা অসি নুপা ওইনা পোক্লম্লবদি হায়না ইতোমতা খঞ্জে মরমদি শৈরেং ইবা ৱারেং ইবা ঈশৈ ইবদা থরায় য়াওজবা য়ুমগী মৌ অমা ওইনা য়ুমগী কুপনোম কয়া অমগী মরক্তা লিৎতুনা খবরদা ৱারেং শৈরেং কয়া অমা য়াওরকপা ওদিও কেসেট কয়াদা ঈশৈ ময়েক কয়া অমা তাবা ফংবা মসিদা নত্তনা ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালগী এপ্রুফ শৈরেংবী অমা ওইনা ফজবা ঈশৈ কয়া অমা তাবা ফংবদা ইতোমতা ঙকই। মরমদি য়ুমগী মৌ অমা ওইনা য়ুমগী অচৌবা ভার কয়া অমগী মরক্তা করম্বা মতমদা অসুক য়ামখ্রবা মণিপুর খুনাইদা কান্নবা পিবা ৱারেং শৈরেং ময়াম অমা ইবা ঙম্লীবনো, খনবদা ঙকই!!

হোৎনবা কনবা পঙ্কুং তন্না থাংলিবা খোংচৎতা নিংহন্নদবা অখাং কনবা উান কনবা তোপ তোপ্পা মরিংজেল অমা চেন্নবী ইতৈমাশিনা পামজবা কলাগী শিনফম অসিবু নিংহন্নবা তৌদনা অখণ্ড-অহে কয়াগীদা তাখোক-তাশিন চখোক-চৎশিন কয়াদা খংদবা কয়ানা ফজনা ঙাংনবদি অতাংবনি। অসিগুম্বা মীনোক ৱা ময়াম অসিবু তুংওইনরক্লগা "মৈরা পরেংগী থাউমৈ" হায়না

য়ীংথোনবা শৈরেং লাইরিক অসিগী খুৎই ওইনা ইতৈমা অসিনা ঐগী য়ুমদা লাকপিদুনা লাইরিক ফোংনবগী য়া হৌদোক্লে। ইতৈমাগী থবায় য়াওজবা ময়াম অসিনা ইশামক্লা ইবা হৈজদ্রবসু লাইরিক ফোংবা ঙায়রবসি ঐনা হাম্লগা খরা পামজবগা ইতৈমা অসিনা থৌনা অমা পীবিবগা মপা চাম্লদুনা ইতৈমা ইবেয়াইমাগী শৈরেং লাইরিক অসি ফোংজবনি। অদুবু ঐগীদি মমিং খক্তনি বাবিবদি ঐগী মরুপ টুডেস কম্প্যুটর্সকী জোতিন না অচিনবা কয়া কাইথোকপিদুনা অরা-অনা থিদনা হোৎনবিবগীদমক লমন তোনশিল্লরে।

ঈশ্বরনা চাম্বীরবদি মথঙদসু ইতৈমা অসিগী লাইরিক কয়া অমা মথং-মথং ফোংজবা ঙম্বা ওইজগে খল্লি।

য়ুঃ গাঙ্কি

তাং ২০/১০/২০০৩ ইং,　　　　নিল্লাকুথি



# অইবীগী ৱারোল

*তাইবংপানসিদা মীওইপোক ওইনা পোক্লবদি সমাজগী ওইবা করিগুম্বা অমত্তং পুন্সি শিন্থানি খন্না পাংথোকফম থোকপরা হায়বসি ঐগী ৱাখলনি। পাংদ্রবী ঐনা করিনো পাংথোক্লমগদবা ইথৌসে ব্বদা অৱাবা ওইদুনা লাকখি। অদুবু ইবগী লমদা পামজবা শিনফম অমদি অদুমক লৈজে, ইনিংবগী ৱাখলসিনা পলেপফম খণ্ডদনা পণ্ডইদা ইবা মফম খণ্ডদনা মাণ্ডখিবসু কয়ানি, হৌখিবা ইং কুমজা ১৯৮৯ দা ঈশিং ইচাও অমা থোকখিবা থৌদোক অদুদা ময়েক হুস্ফুতরাগী মথক্তা মাণ্ডখ্রবনি। অদুবু কয়া অমা মশিং খণ্ডদনা মাণ্ডখ্রবসু ইনৌ নৌনা ইজবা ময়েক খর অসিদি লাইরিক ওইনা ফোংদোক্তবা য়াদে খনবদগী ফোণ্ডদোক্লবা হোংনজবনি।*

*কবি কয়া অমা চংখরে, অনৌবা মতমসিগী কবি কয়া অমসু সহিত্যবু নুংশিজবা লেপ্লা লৈতনা থোরক্লী। কবি কয়াগী হৌরকফম ওইবা য়ারবা মচাক্লা থন্না লৈজবা মণিপুর ইমাগী তম্পাক্লী, কবিশিং অসি য়েংলুরগদি ঐমক্তি মতিক য়াম্নমক চাজদ্রীবী অইবীনি। সহিত্য লৈকোলবু নুংশিজবদগী, লৈকোল অসিদা সহিত্য লৈরাং চার অমত্তং ইখুংনা থাজবা পামখি লৈচন চাদে হায়বসু খণ্ডজে অদুবু লৈকোনসিগী কনা উদ্রবা চিদাইদা ওইরবসু থাজবদো থৱাই য়াওনা পামজবদগী লাইরিক অসিবু পুথোকচবনি।*

*পণ্ডইদা ইরগা খবরদা হাপ্লীরকপা খরদু পারগা নুণ্ডাইজদুনা লৈজবনি, অদুবু নোংমা খণ্ডহৌদনা ফঙ্কসন অমদা ঐহাক্লদি ইচেবা কৌজবা চোংথাম ওংবী ওজা শুবদনি থেংনজখি, লৈমকোন লমজিংকোনগী ফঙ্কসন অমদা*

অমুক হন্না অনিরক শুবা ওইনা থেংনজবদা ইচেম্মা শুবদনিনা ঐগী শৈরেং লাইরিক ফোঙনবা ঐগী পুক্লিংগী লেংদ্রবা থৌনা হাপ্পীরম্বনি। নুমিৎ অদুদগী ঐনা লাইরিক ফোঙবগী মঙ অমা মঙদুনা লাকখি। থৌনা হাপ্পীবগীদমক পুন্সিগী কাওজরোই, লমনসু তোনশিনজরবনি।

সহিত্যগী লমদা থোইদোক্লা শক্লাইরবা কবি যুম্লেম্বম ইবোমচা ইবুং শক্লবা অসিনা অচিনবা মতম কয়া লৈদুনসু নৌনা ইবগী লমদা খোঙ থাংজিনজরক্লীবী ঐহাক্কী ময়েকশিংবু পাবীদুনা বনান কয়া য়েংশিনবীরকপা অমদি লাইরিক অসিগী চান্নবা মমিং থোনবীরকপগীদমক্তসু পুক্লিংদা নুঙাইজবগা লোয়ননা থাগৎপা ফোংদোকচরি লমনসু তোনশিনজরবনি।

মসিগা লোয়ননা সরতচন্দ্র লোংজোম্বা ওজা অসিবুসু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি। অচিনবা মতম কয়াবু তুংওইননা থম্বীরগা ঐগী ময়েক খর অসিবু থবায় য়াওনা পাবীবগীদমক অমদি মমল য়াম্নবা সকজেসন কয়া পীবীরকপগীদমক লমন তোনশিনজরে।

মথংদা ঐহাক্নদি য়াম্নুং কৌজবা রাজ.কু. গুণচন্দ্র ইমাখোলগী প্রসিডেন্টবুসু থম্মোয় শেংনা ইবুং অমা ওইনা থাগৎচরি। ইবগী লমদা চৎপা হৈত্রিবা অঙাং অমগী পাংখক ওইরিবা ঐহাকপু পুক্লিং থৌগৎপীদুনতা লাকখিবনি। মদুমক্লা ইনিংবগী ব্রাখলদগী লাপথোকপা ঙমখিদে। মাইগৈ অসোমগী ওইনসু অইবশিংদা পুক্লিং থৌগৎপীবা ইবুংনি। ইবুংগী লমনসু তোনশিনজরবনি। লোয়ননা ইমাখোলগী সেক্রেটারি ওইবতা নত্তনা ইবগী লমদা ঐহাকপু মতেং কয়া পাংবীদুনতা লাক্লবা কাকা কেশো সিংহ ইরেংববু থাগৎপা ফোংদোকচরি। ঐগী লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা চাওরবা মতেং কয়া অচিনবা থাদোক্লগা পাংবীরকখিবনি, মতুংদসু মতেং পাংবীদুনতা লৈগনি হায়বসু থাজজে। অদুগা ইমাখোলগী ভাইস প্রসিডেন্টকী থৌ পুবীরিবা তামো জাতিশ্বরবুসু নিংশিংদবা ঙমজদে মরমদি ইবা মপুং কাজম্রিবী ঐবু

অফবা পাওতাক কয়া পীবীদুনা পুক্লিং লৌশিং হাপ্পীবা ইবুংনি। অদুগা হৌজিক হৌজিক অকোম লুপকী সেক্রেটারি ওইনা ফম পাইবীরিবা ইবোতোম্বী অঙোম ইনাওবুসু শিংবা ভম্লরোইদবা লমন তোনশিনজরে। ইনাও অসিনা লাইরিক অসি ফোংনবা হোংনবদা মতেং কয়া পাংবীদুনা ঐগী মীং মায় পাংহনবা হায়বদুমক ইনাওগী মফমদগী ফংজখি। লোয়নননা লাইরিক অসিবু ফোংদোক্লবা হোংনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবীরিবা য়ুম্লাম গান্ধীনা ঐগী ময়েক কয়াবু থবাই হাপ্পীদুনা লাইরিক অমা ওইহনবীবগীদমক লমন তোনশিল্লে হায়জরি।

অদুগা ঐগী ইমান্নবী শগোলশেম বীলাশিনিনা অহিং নুংথিল খঙদনা ঐগীদমক মতেং পীবীবগীদমক্তসু থাগৎচরি। লোয়নননা ইমাখোলগী মেম্বরশিংনা ঐগীদমক মশামক্কী থবক্লী খন্দুনা চেন চোংদুনা মতেং পাংবীবগীদমক্তসু কাওবা ভমলোই পুম্নমকপু থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসি ফোংনবা হোংনবদা অৱা-অনা থিদনা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা টুডেস কম্প্যুটর্সকী মীওইশিং লোয়নননা অরূবা প্রিন্টসগী মীওইশিংবুসু শিংবা ভম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে লোয়নননা থাগৎপা ফোংদোকচরি।

অইবী
শিশাংথেম ইবেয়াইবা

# কচ্চবা

তাইবং চেঙজেল লোইরদুনা
মপুগী লৈকোন্দা লৈনম ওইনা
তিনগ্রবা, ইমাগী পীবুকনুংদা
মরূ হুলহন্দুনা জগৎ সংসারদা
মীওইপোক ওইনা পোকপীরম্রবা
ইপা ইবুংঙো শ্রী লৈশাংথেম ইবোবী সিংহগী
চরণ থম্বালদা কচ্চরি তোল্লবী নমোয়্না
লৈখন শুবা লৈরাং নংচদে পোকপীরম্বগী
লমন শিঙবা শকচরগে পল্লৌও
কচ্চনিঙাই করিসু লৈজদে,
লোয়ননা সহিত্যগী লৈকোন্দসু
কচ্চবনি ঐগী লৈচন চাদ্রবা
শৈরেং লৈরাং খুজোকসে
লৌশিনবীয়ুকো তরায়্না।

*কচ্চরিবী*
*লৈশাংথেম ইবেয়াইমা*
*তখেল্লম্ব ওংবী*

# মনুঙগী লমায়শিংদা

# শক্রোন পুবী প্রকৃতিরা?

হে ইমা নীঙথিবী!
চীংশাং পরেং পরেংনা
খ্বাংচেৎকুম ইমাদা থোল্লিবী,
শংবান্নরবা মচুতনা য়োন্নবা
ইমাগী নীংথিরবী মায়থোঙনি।
করিদা প্রমান তৌরুনি!
অশংবা চীংগী নাপোমদা
থেক্লা খোয়না চৎলিবা,
পীক্তক তৌবা লম্বীশিংনা
লোইরোই লোইরোই শেল্লিবা
চীংমায়গী মগুণ হাপ্পীনে।
রাশি হেন্না য়াওইদো
তান্না উরিবা চীংদোন মচা মচাদা
অঙৌবা লৈচিল মপৈ মপৈনা
ফজবগী মথক্তা
হেন্না পূক্লিং হুহল্লি,
নুংঙোলহল্লি থম্মোয়বু

**ইমা নওগী খুৎশেমসে।**

**কয়াগী মতিক নীংথিজরিবা!**

**অউবা কনাগী থম্মোয়বু**

**শুমহত্তবা ওমগদরা?**

**ইমা নওসে**

**শক্লোন পুবী প্রকৃতিরা?**

**নহারোলগী থৌদাং**

**৮।১২।০২**

# ইপু পাওনা ব্রজবাসি

মহারাজ কুলচন্দ্র ইবুংঙোগী
ব্রাখল খজিক্তুং থেনখিবা
পুকচেল খজিক পীকলুবনা,
অরোইবা খোংজোমগী
অকনবা লানফমদা
ইরমদম ইমা লৈবাক্কীদমক
চোংথোরকখিবা,
ইপু পাওনা ব্রজবাসিগী য়াব্রাবু
ইনিংথৌনা নাকোয়না লৌখিবনা,
ইপু ইবুংঙো অথৌবা মহাক্কী
নিংঙমদবা থম্মোয়গী খোঞ্জেলনা
"বোম তোপ অরৈবনা
সনা কোনুং চেকশিন্না ঙাকউ,
লাইবক থিবা পাওনাদি
মণিপুর ইমাগীদমক
লানফমদা থব্রাই থারগে,"
লাইওইপ্রবা ইপুগী অয়োইবা য়াব্রাসে

কয়াদা কাউগুমদনা নুংশিরবা!
থম্মোয় কায়বা পাওদম্মি
থম্মোয় শোকপা ব্রাহৈনি
থম্মোয় কপ্পা খোঞ্জেলনি,
লাঙথেল চীংথক্তগী কাপথরকপা
ইংরেজগী বোম তোপ মমাঙদা
মৈতৈ থাঙশাঙনা
কয়া কুইনা লেপ্পা গুমগনি,
থৌনা ফমল্লবা ইপা ইপুশিং ওইরম্বনা
লাম্বা পাবা গুম্বনি,
নাওনসিং হায়না মিংগৌরকপা
লিংজেল থাবা ইপুও
ইপুগী সনা হকচাংদগী
নাওকন ফীবু লৌথোকচ,
খেব চীংগী চীংয়াদা
খোংজোম তুরেল তোর্বান্দা
ইপুগী থব্রাই মীরেম্মা
হকচাং পোলাং থাদোক্লম
চংখিবদি অথৌবা
মণিপুর ইমা মহাক্তগীনিকো,
চংশ্রবসু অথৌবা নঙনা

নরৈবাক নিঙজবা মনিঙজদুদি
তাইবংসিদা লৈহৌরে
কোক্সরোইদবা ময়েক্লা য়েকুনা
তুংগী মীরোলগীদমক,
শিবা নাইররোইদবা
হিংদুনতা লৈরগদবা
লাইওইশ্রবা নথুয়াদা
নিঙশিঙলকপা মীৎকুপ্তা .
পিরাংগী তর্পন কৎচবা নত্তনা
লৈজদে অতোপ্পা অমা,
লৌশিনবীদবৈ চৈনাদো
ফংহনবিরনু ইফমদা অথৌবা।

## কেক্রুপাৎ নঙবু উরুবদা

অদুঙৈ পুব্রারীগী তাংকক্তা
কেক্রুপান হায়না মীংথোনজরম্বা
ঙসিগী ইতিহাসকী লমায়দা
কেক্রুপাৎ হায়না কৌনরবা,
কেক্রুপাৎ নঙগী শক্তমসে
নতম্বাক্তা তারিবা মোংফমসে
হকচাং তরানীপালগী ইতিনফম ওইরবা
নঙগী মায়থোঙসে,
শ্বর হোন্দ্রবা হকচাংশিংদুনা
নোংমৈ গুলিগী চৈনাসু ফাওদনা
চিতাগী শিংবুল মথক্তা
নীঙাইদ য়াহিপ তানখিবা,
নুমিত্তুগী শক্তমদো
কেক্রুপাৎ নঙবু উরুবদা
লোম্বোক্তবা থম্মোয় থম্মোয়নুংদা
নিঙশিঙবা চাম্মনা ব্রাহল্লে,
করম্না কাউবা ঙমগনি

অথৌবা তরানীপালগী
যজ্ঞগী অমুবা মৈথুনা
অতিয়া পৃম্বা মমখিবা
মচা কাইনরবী মমাশিংগী
মীকপ মীরাওতনা নিনখিবনি
কংলৈ লৈময়োলগী মশাইকোন,
কনানবু কপ্তবা ঙমগনি
অথৌবশিংগী থরায় য়াওরবা হকচাং কয়াদুনা,
রাহে অমফাও হায়রমদ
অঙৌবা ইন্নফীনা কুপ্পুনা
অরোইবা বীদাই পীরমখিবা
নুমিত্তো,
মফমদূদনি কেক্রুপাত্তনি
মফমদুনি কেক্রুপাৎনি।

হইয়েন লানপাউ
৬।৬।২০০২

# কাউওমদে

কেক্রুপাংকী পাংয়াদা
নিংতম ঈশৈ শক্লুনা
পোক্লফম লমখৈবু খম্বলজদুনা,
পুন্সি থৌদাং পাংবদা
অশি য়াহিপ তানখিবা
ইমাগী পারী মমোম পাঙ্গলবশা
নখোয়গী থৌনাবু নীংশিংহল্লে
নিঙোল চাক্লৌবনা লাকপসিদা।
থম্মোয়দগী হৌরকপা
মীৎলুদা চেস্থরকপা পিরাংনা
লৈরাং লৈছন তমজরি
শিরবসু হিংলবা নখোয়দা।
কাউবসু লৈরোই মপোকসিগী,
নখোয়বু নিংশিংবা ব্রাখলসিনা
ওইরবনি ইথৌ হায়বদো।

হুইয়েন লানপাউ
তাং ১১।১১।২০০১

## থম্মোয়গী ইতিহাসনি নওদি

ঙসিগী চিক্লবা অহীংসিদা
নিঙশিঙলকই মহাক্তো
কাউগে ঙমদ্রবা থম্মোয়সিনা,
তাইবংগী শাফু কল্ল
নোংলৈ মানা হুন্নকপদা
অথাঙ কনবগী লিংজেল উৎতুনা,
য়েক্ল লীশিং তেমশিংনা
লম্বা পাগে চোংথোরক্লবী
তনৌরবী থম্মোয়নুংদা
নুংশি নুংওন তুংওইনা
অপাম কাবু থওইদ,
মৈতৈ চনুগী শেংল থৌনা
উৎলন্নগে মতাঙুম
ঙাঙথোকখ্রবা ব্রাঙাঙনা
অনীশুবা হৈত্রবী
খোঙফম হোংগে খন্দ্রবী,
ইমা নওদি কয়াদা লাইবক ফরিবা

চীংলৈবাক, চীংনুংশি, চীংতমনদা
ইমা নওগীদমক শোক্লক্লবী মহাকসে
ইমাগীদমক হিংবা মচেৎ ওইরবী
শর্মিলা -
মৈতৈ চনুনিনে মহাকসে,
থব্রায়দগী মরমদন্না মহেন্নবা
অখাওকনবী মাগী ব্রাকৎপু
তাবিবা লৈত্রবা তাইবংসিদা
করি উপাইদি লৈরি!
কংলৈপাক্কী ইতিহাস ওইহৌদুনা
তোক্লগদ্রা নওগী পুন্সি।
হে লাইবক চাউবী
মৈতৈ ইমাগী মমোম অশেংবী
ইরোম চনু শর্মিলা!
নওগী অখাও কনবা-নতৌ
কাউবা ওহ্রোইনে
থব্রায়গা হকচাংগা তিন্নরিঙৈ
থম্মোয়গী ইতিহাসনি নওদি,
নশক উদ্রসু নুংশিজে
নপাউ তাদ্রসু কাউওমদে
নওবুদি হিংহন্নিংই তাইবংদা,

অদুবু ঐগীদি থৌনা লৈজদে
নতুং ইম্নবসু শক্লগে
নতেং পাংবসু ওইরগে
নঙবু নিঙশিজবা অসিনা।

# কংলৈপাক্কী পুন্নারী

তমথির এক্তপু তেমশিংনা
কংলৈপাক্কী লৈমায়দগী
লৌথোকখিনবা খোঙফমদা
শুকলেঙ লেঙদনা
অরোইবা ন্নারেপ ওইগ্নবী
চাকপু য়েক্লবগুম খনগ্নবী
ইরোম চনু শর্মিলা।
থন্নায় য়াওদ্রবা হকচাং কয়ানা
অঙাঙবা ঈখেঙ মরক্তুদা
নিঙাইদ য়াহিপ তানখিবা
কেক্রুপাৎকী মোংফমথক্তা
ইপা ইবুংঙো অহলদুগী
খুদোনবীগী বলিদান।
মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা
ইচিক হুনবা অহীংদুদা
মৈরা পরেং মরক্তা
মৈরা খুত্তা পায়দুনা

থব্রায়গা ঙমথৈগা শিন্নখিবী
ইমা মৈরা পাইবীদো,
কংলৈপাক্কী পুরারীনি
অনৌবা পন্দুপ হাংলবনি
কাউঙমদনা লৈহৌরনি
থম্মোয় থম্মোয়দা
তাখ্রবা মমিনি য়েকখ্রবা ময়েক্কি।

হুইয়েন লানপাউ
১৯।৫।২০০২

## ইমা নশুংলাংগীনিকো নশুংলাংগী

ফৈদাপুঙগী অশংবা লৈমায়থক্তা
কেনখিবনি অথৌবশিংগী কোকলেন
নিঙথির হকচাং পোলাংদুগা
তোথাই তাহনখি থব্রাই মিরেন,
লোয়লম মপু অঙৌবা বৃটিশকী
ফাঁসিগী সগাই মথক্তুদা;
লৈরাং পরেংগুম খন, থৌরি কোঙ্গোয়বু
তনৌ তনৌর ঙকশম অনীনা
তরাম্না ওকখিবনি নোক্লা নোক্লা,
"ইমা নশুংলাংগীনিকো নশুংলাংগী"
অশি লমদম পাংখিবদো
কনাগীসু নত্তেকো ইমা,
ঙসিসু নিঙশিঙলিনে থম্মোয়দা
অথৌবশা নখোয়গী থৌনা
নখোয়গী কথোকপা ইরমদমগী,
লাইওইথ্রবা অথৌবশা!
লৈচিলগী লম্বী হাংদোক্লুনা

য়েংলকউকো কৎচরি লৈরাং খুজোক
বেঙ্গুল বজাইগা লোয়নননা
অথৌবা নখোয়গী সহিদ মিনার মখোঙদা,
লৌশিনবিয়ুকো যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ
ইপু থাঙ্গাল অথৌবা।

হুইয়েন লানপাউ
১৮।৮।২০০২

## তম্ফা য়াইওইবা

লুচিংপুরেল জননেতা ইরাবত
নঙদি চৎখ্রেদো তাইবং ব্রাংমদা,
চমজরবা ইরমদম ইরৈচাবু
খুজেং পায়দুনা পুথোকপিরম্লগা
মান্নবা খুন্নাই শেম্নবা,
নঙগী নীংথির ব্রাখল্লোম্না
মীৎ মায় পাঙহল্লমখি,
মীৎকপ থোকহল্লমখি
জাতি কয়ানা পূল্লবা
ইরমদম ঈরৈচা খুন্নাইসিদা,
অদুঙৈ মীরোৎ ওইখিবা
মীচেন ওইহন্দুনা খাঙহনখিবা
অচুম্বা অশেংবা লোৎপা ঙমদরে।
কংলৈপাক হায়না মিংগৌরম্বা
মণিগী লৈবাক মণিপুরদা
ওইখ্রবনি নঙদি "তম্ফায়াইওইবা"
পূম্নমকপু মঙাল পীঙম্বা
ইরাবত হায়না মিংথোনবা,

ঙসিদি নঙবু নিঙশিঙদবা,
খুম্নাইসিদা অতাঙবনি।
ফেঙল ফেঙলগা লম্বা হেনবগা
কোনগী মরক্তা কোনশেংগুম
অমকপা য়াওদনা লংনা ঙাল্লবা,
শকপা শোনবতনা মন্নাৎলগদবা
নঙগী ফজরবা থম্মোয়,
মীয়াম্বু অমত্তা ওইনা নুংশিবিবা
ন্নাখলদুতনা মাঙদা থাহল্লগা
ফংফম থোকপা হক্কীদমক লেপখি নঙনা
তাইবং কনাবুসু অকিবা য়াওদনা,
চীং-তমগী অপূনবা শক্তম কন্নবা
মণিপুর ইমাগী ঙমখৈবু ঙাক্লবা
শিঙনরকপা খুদিঙবু
খোঙফম চেৎনা লেপ্তুনা
ঙাকখিবনি নঙনা ইজাতিবু।
নুংশি চান্ননা হিংমিন্ননবা
হোৎনখিবনি নঙনা লেপ্পা লৈতনা,
ঙসিদি নঙনা চৎপ্রবা মতুংসিদা
কয়াদা নিংঙমদনা শক্ল শোম্নরবা
নগুনবু শৈথাবগী পেনবা নাইদ্রবা
ন্নাখল কয়াসিনা নফমদা

তর্পন হায়বদু ওইহল্লসিরা?
কয়াদা থন্মোয় নুংনাংলিবা
সেপ্তেম্বর নওনা লাকপসে,
লময়ানবা মহাক্না
তাইবঙসিদা খোঙদারকপা থানিদো
ইরমদমসিগী ঈরৈচা কয়াবু
খুজেঙ পায়দুনা চীংখৎপিরম্লগা
অরোইবা য়াহিপ তানখিবা থানিদো
পোকপা শিবা অনীগী অপূনবা থানিদো,
ঙসিদি থম্বাই য়াওম্র নঙগী মীতম্না
নম্বুল তুরেল তোর্বান্দা
নপাং কনা য়াওদনা
পীগুম থোঙগী থোংখোঙদা
ম্বাদি ঙাঙদ তুমিন লেপ্পী।
পাম্বোম ম্বাংনা থাজংতুনা
ম্রাখল থেনবা কনাবু
পাওতাক পীগে মতাগুম
ঈরৈচাশিং খিবিকপু
মীকপ থোকহল্লগে মতাগুম।

হুইয়েন লানপাউ
২২।৯।২০০২

## লাক্লবদি নুমিত্তুদা

স্বৰ্গগী হাওলবা লম্বীদুদগী
লৈচিলগী অমম্বা হাংদুনা
য়েংলক্লো অথৌবা অথৌবীশা!
লাক্লিবসি ওসিস্ আগষ্ট ২৭
নরোই ননাও খিবিক্লা
নখোয়গীদমক্লি খন্দুনা
লৈজবা ওমজবা থরদং
হৈরাং-লৈরাং থুপ থাউমৈ
কৎচরিনে নখোয়গীদমক
মীৎকী পিগা লোয়ননা,
অদুওে ইরমদম ইমাগীদমক
হক তান্দুনা লাউথিবা খোল্লাওনি
মৈত্রবাক্কী লমদম ময়োন্দা,
পুক হাওলবা খুম্নাইসিগী ছাত্রনা
অকনবা খোল্লাওনি লাউথিবদো,
তাবিবগী মহত্তা তমথিনা
অশি খয়াত্তা লংশিনখি

নুংশি হৈত্র মথুৎমক্তা,
ইং কুমজা ১৯৬৫ না চৎথ্রবসু লেপ্তুনা
নীংশিংবদি অসুম ময়েক শেংলক্রে,
চাক লাম্রে চেঙ পীয়ু
খোল্লাওনি লাউখিবা
মপী মপা শক্লবা
সরকারগী শুমাঙদা,
নুমিৎতো নীংশিংলুবদা
ঙসিসু ফাওরি তুজুংবা,
অদুবু চেঙগী মহৎ
নৌজরিবা নৌজরিবী
ছাত্রশিংগী হকচাংদা
পীখি তমথির খুদোল
সিফায়গী নোংমৈ গুলি ...।
চৈনা খাঙমদ তুখি লৈমায়দা,
অঙাঙবা ঈথেং থনল্লগা
চৎথ্রেদো নখোয়দি
নরমদমগী খনবদা
বলিদান কন্তুনা মশাবু,
কাউমা ওত্রাইনে
প্রমোদিনি, নবকুমার, চাওবা, নিলমনি

লাক্লেদো নৌহৌনা ২৭ আগষ্ট
নখোয়গী আত্মানা চীংঙা চীংদুমদা
লাক্লবদি নুমিত্তুদা।
পীরম্মু থৌনা লিংজেল
নখোয়গুম ইরমদম ইমাগীদমক
থব্রায় থাবা গুমজবা
লমদমসিগী হিংমিন্নরিবা খুন্নাইসিদা।

হুইয়েন লানপাউ
২৬।৮।২০০২

## চীংঙা চীংদুম শেংদোক্লসি

পিশুম চীংঙ চীংদোন্দা
অথৌবা অথৌবী নখোয়দি
ইমাগী পারী ইমোম অশেংবশা
থব্রাই য়াওদ্র' শকফমদুনা
ঙাইরিবরা হৈরাং লৈরাং
কুমওন লাকপা খুদিং
মশিং থীওমদ নপীজাশিংগী
মীৎলু পিরাংগা পিরোইননা
খুৎশা তরানা খুজোকওই
নখুয়াদা কৎচবা থম্মোয় লৈরাংদো,
ব্রাদি ঙাঙদা তুমিন তুমিন
ধূপ থাওমৈ মরক্তা
নমিৎফাও কুপ্পা ঙমজদা
নচে নন্দোন কয়াবুসু তরাম্না ওক
থব্রাই য়াওদ্র মায়থোংবু
কুমজা খুদিং য়েংজগে
ইমাগী ফিজিগী লন অথৌবশা,
নখোয়গী থৌনা লিংজেনবু

হায়বগী লোইবা নাইবরা!
শোনবগী পেনবা লৈবরা!
আগষ্ট থা মঙনা লাক্লবদা
থম্মোয়দা ময়েক শেংলক্লে
বাখলগী পিরাং হৌরক্লে
চীংঙা চীংদুম শেংদোক্লসি
খুম্নাইগী নীংশিংবা পিরাংনা।

সঙাই এক্সপ্রেস
আগষ্ট ২৫, ২০০২

## ঙাইবদি শাথিনা ব্রাগদৌরি

অচুম্ববু নমথৈ অরানবনা
চহি লিশাং শিংনা হোংনজে,
অরানবা কুয়োম্না কৃপ্নবা
জগৎ সংসারগী জিববু,
অশেংবগী মৈরীনা চাক্লকই
ফত্তববু মুখৎলগে মতাঙুম
ওইদববু অওইবা ওম্নবা।
ব্রারকপগী মহুত্তা লৈথোকখি
খঙশিন্নদ উশিন্নদ তাশিন্নদ,
য়েংবদা মীংলি নারবা
কবি কয়গী কলম্না
পেন্না ফোঙদোকই চেবাংথক্তা,
চীনবান পৈরপ মোমোন নোকই
চিত্র গুপ্ত মপীনি হায়বী,
চোয়রোল তাহল্লি অইবগী ময়েক
হূরানবা হৈবনা অশিংবা শকই
হূরানবা ফাবিনবা য়াওদে

পূম্নমক মাম্নরগা হূরানমিম্নৈ
হূরানবা মশেল অশিংবা শামিম্নৈ
হূরানববু ব্রাংনা থাজৎলি,
অচুম্বা ফাগী তাহল্লি
চুম্না চৎপা মীশক্তো
ফাদোক পীগে কৌথৎলি
অঙম্বগী শুমাং ময়াম্নদা,
অচুম্বা নঙ অমুক্তা লাকহল্লিংই
তাইবঙপানসে তশেংনা হাকমল্লে
ঙাইবদি শাথিনা ব্রাগদৌরি।

হুইয়েন লানপাউ
১০।১১।২০০২

## অহিংবা থব্রাই কয়া অমনা

ইমাগী ফিজিগী লন
থব্রাইগী মণিবু ওইরিবা,
নৌজরিবা পারি ইমোমশা
নখোয়গী নৌজরিবা হকচাং
কয়া কয়াদি -,
হিংচাবগী চাকথা তম্বগুম
শক্তি পায়বা, খুৎলাই পায়বা
মখোয়গী খুবাক ময়ায়দা
নোংমতা কাংদা
পুন্সি কয়া পিখম্নরি;
লমহাংদা তারম্বা হকচাং পোলাংবু
মোর্গকী থোঙজিন্দা থাংজিনবী
শেগায়দুনা শবাক ফাকই
মরানদি করিনো খঙদে,
মোংফমগী লৈরোম্না
য়ানা ঙাইবগুম তৌই
চিতাগী শিঙবুনথক্তা পুখত্তুনা

মাবুদি তাইবংদা লোইশিনবিরে,
থবাই কয়ানা চংশ্রবা
তুংদসু,
অহিংবা থবাই কয়া অমনা
তনিক তনিক ব্রানা খাঙলি
শাদানবনা কোয়রবা শজিগুম
পুংজা কয়া হিংবা ফংখিগদবা!
মৈরানবীগা পুন্সিগা খেৎনদ্রবগুম
থম্মোয়দা হেক্তা খময়রে
অহিংবা থবাইবু অহিংবরা?
ব্রাহং কয়া থোরকই
পাউখুমদি ফংদে ঙসিসু।

সঙাই এক্সপ্রেস
১৭।২।২০০২

## সঙাই

নঙদি পৃথিদা অতাঙবীনি
মৈতৈ ইমাগী মশাইকোন
কৈবুল মাগী মতমপাক্তা
শাৎচবী লাইবক চাউবী
কৈবুল লমজাওগী সঙাই ও!
তথক্রুবী নতৌদুবু উরগা
নুংশিবিবগী মহুত্তা
য়েংথিবিবা কনা কনাগুম্বনা
নঙগী থব্রাইবু তেমশিংনরি,
খাঙুথক্তা পুন্সি মাংহনবিরি,
পুকচেল খাবা মকোয়না
ইমাগী লেমজনফম ওইরবা
সঙাই নঙবু
লোম্না লোম্না লোয়শিনবিরে।
সঙাই নঙগী খনবদা
ব্রাজরবা থম্মোয় খিবিক্লা

লোম্না পিরাং তৈথোক্লীবনি,
হিংহন্নীংই নঙসে
ননিং তম্না মৈত্রবাক্তা
অদুবু নুংশি হৈতবা
খুংশাশিংনা নঙবু হাংতোক্লি
করিসু নাচুংদনা,
হায়দোকপদি ঙমজদা
ফোঙদোকপসু উপাই লৈত
নঙসু ৱানা খাঙলমগনি
কৈবুল লমজাওগী সঙাই ও।

## করিদবু খেন্নরিবগে?

অহীংসে ওন্থোক্লা চিক্লে
মীচিক মীরাওখোল তাখিদ্রে
অদুবু থন্মোয় ব্রাখলদি
পূন্নাঙ লাঙলি পলেপফম লৈতনা,
মওল মওল খল্লি
সমাজসিগী ব্রাখলনি
পুক্লিংদা লৈতাদ্রিবা।
মঙলানফাওবা অকি তুজুংবা
দৃশ্য ঙাক্তা ঙাইরবনি,
মিহুন চেঙ্গা চেনগুম্নরবা
মঙনা পোত্থাফম খঙহনদ্রে
হিংলিবা থব্রায় অপিথক
হিংঙমদনা হিংলেকো।
অঙানবা লম্বী মাগা
অমম্বা অহীং নঙগা
''করিদবু খেন্নরিবগে''?
ইমানতা মান্নরে হায়নিংলে

ঙসিগী পুন্সি মহিংসে।
অহিংসে লোইখিবা ঙাইবদা
হমাং অনক্সী কাবসু
ইয়াওতা য়াওরবনি,
করি থোক্লগবা খনবদা
চিঙথৈ ফীদুপ হক্লক্লগা,
অমম্বগী খুৎনা
অঙানবগী মতমপাক্তা
শিন্নরদ্রা পাখৎচৈ
অশিবা হকচাং কয়া,
নোংমৈ শুন্সিগী দাগফম্না
লোইশিনবিরবা মপোক্তো
শিঙমদনা শিরবনি
মাসু থব্রাই পানবনি।
ঈশ্বর নহাকপু লৈবরা?
নিংশিংলকই ব্রারক্লবদা,
অদুবু ইমান্ত মান্নবগুম তৌই
লৈবগা লৈতবগা।

## কৈদৌঙৈনো চৎখিগদবা

নেতা শাবা ময়ামগী
চৌক্রি মুন্নবগী সাসন্দা,
খাঙবদা ব্রারবা প্রজাশিং
উপাই অমদি য়েংনরকই,
ঙাঙনরকই চিবোন চিবোন
পী.আর. হায়বদো
মদুতা য়ৌরক্নদি ফনিদা;
মীপুম তিংনা ঙাঙনখিবা
য়ৌরক্নবদা পী. আর. না
অনাবা খঙহেন হেঞ্জিল্লকইদা;
পী.আর. পী.আর.
ঙাইঙমদনা ঙাইরুবনি
তংদু লৈতাদ্রবা কংলৈপাক্না,
পেল্লে ঙসিদি ....,
অব্রা লান্দগী হেন্না শাথিবা
চহি তরেৎ খুন্তাকপগুম,
মীওৎ মীনৈনা থল্লবা
ব্রাবনা পনথৈ খঙদরে
কৈদৌঙৈনো চৎখিগদবা
মাগী পী.আর. হায়বদো।

# মৈরা পরেংগী থাউমৈ

ব্রাকচিংগী উপ্লেনসু কিদ
ইংলবা মাললঙসু থৌশাদ,
ইমা পলেম অপোকপী
কোলোয় মিংলেন নিংথিবী
মণিপুর সনা লৈময়োন্দা,
ব্রাকচিং থাগী ১৩ নি পানবদা
শগোললশেন কৌবা কোরৌদা,
সনা শোরোক য়াংবীথক
মৈরা খুত্তা পায়দুনা
লৈরক কোনশাং ঙাল্লিবা,
নপারী নমোম খিবিক্লা
মৈরা থাউমৈ চেৎনা পায়,
অহীংগী অচিকপা তেমশিংনা
চাক্লবা থম্মোয়গী খোন্থোক্লা
খোঞ্জেল হৌনা লাওদুনা
"মণিপুর ইমাগী ওমথৈবু
কায়হনবা য়ারোই"
খোল্লাওসিতনা নিনখিবনি,

লমশাং চৎপগী চোকথবা খণ্ডদ
থম্মোয় পেম্না লাউজরুবগী
অৱাবসু পোকওমদ,
নচাশিংগী শক্তমসে
মালেম লৈম ইমা
নহাক্তগীনিকো পোক্লফম লমদম।

নহারোলগী থৌদাং
তাং ৯।২।২০০৩

# কপ্লগনু ইমা

কপ্লগনু ইমা ইরমদম
মণিপুর,
চীংমী-তম্মী, ময়াং, পাঙল
জাৎ কয়াগী নচা কয়াবু
অমত্তা ওইবগী লীপুন্না
পুল্লিবী ইমা,
চায়োক নাওয়োক ফজবী
ইমা নঙগুম্বী কনাবু
মফম কৈদসু ফংলরোই,
নচা ময়ামগী তাইবঙ লীলাদা
মীকপ মীরাওতনা নথৌদাং ওইরবী,
ইমাগী পিরাং তৈথোক্লগে মতাগুম
ইমাগী লমন শিংলগে মতাগুম,
চোংথোরক্লিবসে য়েঙঙুনে ইমা!
নপারী পাঙ্গল চাউদবা কয়াসে
মঙ্গল আশির্ব্বাদ পীনবিরো
ইমাগী তনৌর খুৎনা।

নহারোলগী থৌদাং
মার্চ ১৭, ২০০২

## শাগৈ ওমথ্রবী কবো তম্পাক

কবো তম্পাক নুংশিবী
নঙবু করম হিংলিবগে
ঙসিগী মীয়োনসিদা
শম্বন ব্রাংমদা লেপ্পরেদো
নঙবু লম্লানবীগুম খনবিরে,
মৈত্রবাক্কী নিঙোলনি
কাউথোকহল্লেদো লমদমসিদা
অদুবু নঙগী ঈংতক্পী নতৌদুনা
য়েংহৌই কংলৈপাক্কী মায়কৈদা
"ঐবু কাউথোকপিরবরা" হায়বা ইঙ্গিৎনা
নিংঙমদবা সুরদা
অব্রাবৈ ঈশৈ ঙংহৌই
চীংখুবা যুবরাজগী মমোমলোই
মজাইবেম্মা লাংলেন থোইবীগী
ঈনজিং লোংখোন পাৎনা
মপাম লমদমবু নিংশিংহৌরি
নিঙোল মপোক ওইরুবনা
পামদ কাদা ব্রাইথুংলেদো

চংনবী পজনা খাখিবনা
পল্লোনগী পম্লুংদা লৈখিবনা
হৌরকফম লমদম লমনুংশি
থাপ্লা তাম্লা লৈনৌ তম্রত্রে,
পোত্তবা পল্লৌ মানা
স্তম্মী মতাগুম পীথোকখি বর্ম্মদা
পামদ পামদ চৎখিবনি
মাগী নীংবা থুংনবা
মীৎকুপ্পুদা পলেম ইমাগী
মীৎলু পিরাংদুদি কাউদরি
ঙসিসু নীংশিংলি
শেৎন খায়ন মৈচাক্তো
অদুবু নঙদি শাগে ওনত্রবীনি।

## কায়নরমদাই তেংথাখোল

নঙদি চৎখ্রনিদো মালেমসিদগী
তাইবংপানগী লেংলী পাল্লিবা
পূম্নমকপু থাদোক্কুনা
পলেপফম খঙদনা
পন্থুংফম য়াওদনা
অরোইবা বিদায় পীরম্নগা
অমুক হল্লক্ররোইদবা খোঙচত্তা।
কয়া অমা কায়নখ্রে
কয়া অমসু লাকখিনি নঙগুম্বা
অদুগা কায়নবসু ফংখিনি
নঙগুম্বা কয়া কয়া,
য়াইফবা মবুক মপাওফবা
চাকহোং ঙাহোং কুমদুদি
শরুক তম্বা লোইখ্রবোই।
থেংনগে ফংদে ব্রাত্ত - পাদ
নুঙাই য়াইফ হরাও মীনোক
তমজবা কুমজা অমত্তা,
অব্রাবা পোৎলুম পুদুনা লাকই
থনমগনু হায়বসু য়াদে
নঙদি নিঙাইদা চৎখি।
ব্রাহৌই তাইবংপানসিভনা

নঙবুদি নিংঙমদনা চৈহৌই
নঙগুম্বদি লাক্লনুফাও হায়নৈ,
ফজফম খঙদনা
নুঙাইফম লৈতনা
লোয়নখি নঙবুদি
থাইনবা য়াদনা
অদুবু য়ৌরক্লে কায়নবগী পূংফম
নঙনা ইনাক্তা লৈনিংলসু
ঐনা নঙবু পাম্মুরসু
মতম কৌবী লাইরেম্বী মানদি
লৈমিন্নবা য়ারোইদৌরি
নঙদি চৎপা তারেদো
লৈহৌখিগে ঐদি
অনৌবী মাবু ঙাইদুনা
অদুবুনে -
নঙনা চৎখিবা পূংজাদা
অব্রা-অনা, মীকপ মীরাও
মীশি মীনা পূম্নমক
পুদুনা চৎখোকো
থনম্মনু তাইবংসিদা।
ফত্তবা পূম্বা
অরিবা কুমজা নঙগী
অউনপোৎ ওইরোকো
কাউবা লৈতনা পুখরো
অনৌবীগী পুকচেলদো
য়েংহৌখিগে ঐদি।

নৈরা পরেংশী থচৈরী ৪০

# সি বী জেংকী মথক্তা

রেষ্টোরেন্টকী ঈংলবা কাদা
নুংশি মীনোক তন্নিবশা
লেমজবা শিনফমগুম খন্নিবশ
নয়ূম য়ূমজাও কাদগী
চাকঙন চা চাদুনা
হোবে হোবে থোকচরক
থবক ফবা শাদুনা
কোলেজ কাবা শাদুনা
নুংশিবা মনম চাইদুনা
নুংশিবা থাউ তৈদুনা
স্ত্রি নাম্না তক্কুনা
সি বী জেংকী মথক্তা
অফাওবসু শাদুনা
নুঙাই য়াইফবু মালহন্দুনা
কেদ কে মৌদ মৌ
অচিকপা রেষ্টোরেন্ট থিদুনা
নখুত্তা মতম হাপ্লসু
মতম মাঙবা পাম্মুদনা
নিংথৌ মচাবু শারিবশা

## চেকশিলহৌ নখোয়গী

থম্মোয় নৈয়োন্দো
ওইদবা তিম্না চিক্তনবা
অফবা য়াথল খনবা তম্মু
অশেংবা লমচৎ চৎনবা হোৎনৌ
নখোয়সে লমদমসিগীদি
তুংগী য়ুম্বীরেল ঙাক্তনি
কাউরনু মতম খুদিংদা
নিংশিংবা তম্লো ঙসিদগী।

মহারোলগী থৌদাং
তাং ২৭।১০।২০০২

# পুন্সি দাগফম

তাইবং মালেম লৈকোলসে
প্রকৃতি ইমাগী খুৎশেমসে
অকিবগী মশক্লা ব্রাই চাইরে।
মীবু মীনা খন্নদ্রে
হিংচা য়াইতম্বা শঙ্গুনা
লৈরক কোনশাং থুংলে।
শরাক তন্নে নুপীগী ইজ্জৎ
খোঙ্গোয়নরে মীমাঙদা
খোঙনেৎনরে উফুল্লক্তা।
অমুক্তং মাংহনবীদ্রবা ইজ্জৎপু
হল্লকউ য়াররোই খল্লুবদা
নিংঙমদ মৈচাক্তি লোয়নরে।
পুন্সিগী দাগফম্মি নিঙলুবদা
হিংনিংবগী আশা কদাইনো
তোল্লিদা নুপীগী মপোক।
শহিং চাবা মখোয়দো
পিফিমাগী থোঙ্গালদা
থেংনরমদ্রবা মফমদুদা,
পুন্সি দাগফম লৈরদ্রোই
থম্মোয় কপ্পা খাঙলদ্রোই।

হুইয়েন লানপাউ

তাং ১৫।৯।২০০২

## ব্রাখলগী ব্রাকৎ

ইমা ভারত নিংথিবী
কোলোয় মিংলেন ফজবী
নগুম্না মালেমদা ফাওরিবী
শক্তম্না পৃথিদা অতাওবী,
অরং অরাক্নী তাইবংসিদা
ইমা নঙগী নচা ওইরুবা
ঐখোয়দি -
ঙসিগী মালেমদা ওইরেদো
চাক্নী ফিনিবা লায়রবা
নিরগা পীবিবা ইমাগী
থৌজালনা -
হিংলি ঙসিসু নচাশিং
অরোনবা অতোনবীগী মচাগুম
চাকথুং ফিথুং খঙদ্রবা
ফংফম থোকপা হকপু
তরাইনা হেক্তা খনবিবা,
চীনবান্দনা হূগী অমৃত
নচা ঐখোয়গী কোকথক্তা

হৈথরি ননিঙ তৌনা,
অপাম্বা অমা নিজবদা
তাবিব্বগী হ্বাংমদা লেপথ্রবা
মখল কয়াগী এষ্টনা
লিক্লাং পরেংগুম লেংদুনা
নচা ঐখোয়গী ঙকশমদা শিবিরি
ইমাগী নিঙথর খুৎশানা,
হিংলি খাঙলি ঐখোয়
অরোইবা পূংজা ঙাইবগুম
হিংখিগদ্রা খাঙখিগদ্রা থঙদে
ঐখোয়
নঙগী ফজরবা তিঙথঙগুম্রবা
মীওৎ মীনৈগী নতম্বাকসিদা।

## করি খল্লিবগে

নিংথমগী উলেনসু লোইখরে
য়াউশংগী থাবলসু তুংওইনহৌরে,
বারুনি মৈতৈ চৈরাওবা
পূন্নমক ওয়া হৌখরে,
হঙ্গাম পান্থা কাউরক্রে
অশিং অৱাস্থাগী নোংলৈনা
পীররনি চৈথেং মালেমদা,
অথাক অরাওগী খোঞ্জেলনা
তাইবঙ নাপ্পদা ঙংলরূনি
মীকপ মীরাওসু নংলরনি,
লাক্লনি কূম্মৈ হরাও কয়া
উচেক পরেং পাইবগুম,
নোংজু মতম থিদনা
ঈকঙ ঈচাও য়েংদনা
তৌনিংবতা তৌরনি
ঐনা মহেল্লে খন্দুনা,
মালেম ইমা অপোকপী
করি খল্লিবগে নঙদি

## মৈরা পরেংগী থাউমৈ ৪৬

নচাশিংগী মতৌসে উরগা<br>
শেম্বিবা মপু মহাক্কী<br>
খুৎশেম্মি হায়না খনবরা?<br>
ইমানা তুমিন য়েংবদি<br>
পেনথোকপনা নশরুক্লা?

নহারোলগী থৌদাং<br>
ফেব্রুৱারী ১০, ২০০২

# কদাইদনো হিংগদবা

হকপু পৈশানা
লৈবা য়ারবা
চাওখৎলবা যুগসিদা,
হকপু পৈশাদা
য়োনবা ওন্নবা
ওসিগী খুম্নাইসিদা,
কদাইদনো হিংগদবা
ঐখোয়গী পুন্সি
অকনবনা অচুম্বা শক্লবা
নোংমৈ গুলিনা
ব্রাই চাইরবা
সংসারসিদা,
নম্বর ফোরনা
ভীতামিন ওইরবা
তাইবংপানসিদা
করম্মনো ঐখোয়না
হিংগদবা
পুন্সি কয়া কয়ানা।

হুইয়েন লানপাউ
১৭।২।০২

## মীরম্নেনগী গ্রহসিদা

অঙকপনা থল্লবা তাইবংপান
হে ঈশ্বর অঙকপনি নঙগী খুৎশেম
নঙগী তাইবং ফম্বাকথক্তা
শারি কনানা নিংথৌরেল
নাপলগী সিংহাসন মথক্তা
লন থুমগী ময়াই কারদুনা।
কনানা লাইরবা চাকথুং ফিথুংদ্রবা
নোংমগী খুৎশুমলনা
চারা নোংখন্নবা ঙমদ্রবশিং
লাইর-ইনাক খুনবশিংগী মরক্তসু
মশাগীতা খনবা হূরানবশিং
ওকপা নাইদে পেনবা নাইদে
হূরাল্লুবগী লাক্লুবগী ফোয়রুবগী
অতোপ্পগী খুৎশুমল হুমাংমল
চাদুনা মকে শেমদুনা হিংলি
মোন্দুম মোস্তেক মথক্তা
হৈরাং লৈরাং কয়াগা য়াওন্নদুনা।
পোক্লুরবা মপোকনিনা পুন্সি

*লাইরবশিংগী পনথৈনুংদা*

হিংলি খাম্বী মৈথত্তা

য়াইতোঙ ফমদোঙবশিংগী

তমথিরবা মীৎয়েং মখাদা

করিদি লৈরি উপাই

মীরমলেন গ্রহসিদা পোক্লুবনা।

হুইয়েন লানপাউ

২৩।২।০২

# অমুক্তদি পোথাহল্লো

লৈবাকসে ব্রাহল্লে
মথোঙ হুক্তবা ময়াম্না,
তাইবং পানসে কপহল্লে
চোঙলম চাদবা কয়ানা,
থক থক নিকহল্লে
মীনুংশি খঙদবা মখোয়না,
ফিভম্নসিদা কদাইদনো শান্তি
কৈদৌঙৈনো নীংতমগদবা!
অমুক্তদি পোথাহল্লো
চোকথরবা ব্রাখলসে।

হুইয়েন লানপাউ
১৬।৩।০৩

# পিরাং

য়েংঙু য়েংঙুবা খুদিংদা
অব্রাৎপতনা থল্লবা মণিপুর;
অহোবতনা য়োম্লবা ইরমদম,
চয়াম পোকপী ইমাদি
য়াঙগঙলবী পলেমনি।
মীকপ মীরাওতনা নিল্লবা
ঙসিগী তাইবঙ মীরকসিদা
ইমাদি অখাঙ কনবীনি।
লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী
চাংদা নাওদানি হায়নিংদ্রবা,
নেতা শাবা কয়াগী
ব্রাখল য়াওদ্রবা কোক্তুগী
চাইথরকপা থৌরাংনা
ইমা নঙদি পোক্লফম
লোম্না পিরাং তৈথোকপদি
পেন্দ্রবদা,
ফোংনা মীকপ মীরাও
তম্লবরা ইমা!

সঙাই এক্সপ্রেস
২০।১।০২

## করপসন

নোংম নোংমগী অনাবা হেল্লকই
মহু পানবা করপসনগী লায়নাদো,
লায়োঙ খঙই লায়েঙবা ঙমদে
করপসনগী ডাক্তর খুৎয়াম্না,
মরূ পানথ্রবা লায়নানি
ওপরেসন্না কান্নবা য়াদে,
খাঙেনফমদি লায়না য়ৌই
মাইব খুৎথারবা অমগুম,
মাইব শাবনা ব্রাই চাই
লৈরক কোনশাং শিনথুংই,
করপসন মুৎথৎনবা নামাদা
লায়েঙ ওন্নবগা পাঙথক ওই,
মংফমনা শিন থুংই
ডাক্তর শোইনৌগী নোংমৈ গুলিনা।
করপসনগী মহিক্না মালংদা
কোয়পাই পাইদুনা হিংহৌই
লেপ্তনা শনদোরকই অসুম

এইদসতগী হেয়া শাথি,
তশেংনা কিজরে ঐথোয়দি
মাঙবা শোয়দ্রে য়ুম্বীরেল
শুম চারবা তুংগী য়ুম্বীরেল,
ওইহৌরদ্রা খনবদা থম্মোয়
শাওনিংলকই করপসন লায়না,
পুন্সি চুপ্পগী মশক উনিংদে
ফোয়দত্তুনা লংথোকনিংই থাপ্না
মীওইবা খুন্নাই লকসিদগী।

## “ডিক্লারেসন”

মণিপুর ইমা!
নঙগী নরাইবক
অৱাবতনা নশরুক
ওইয়ু তন্নন্নবরনে?
ইমা!
জুন ১৮ গী মতুং
সেনাপতি ডিক্লারেসন।
অনিশুবা খুদোল
তন্নগে থৌরাংবরা ?
ইমা!
অসিগুম্বা খুদোলসে
পামজদ্রে নচাশিং
ঐখোয়দি,
পীবিরনু অমুক
ডিক্লারেসনগী খুদোল।

হুইয়েন লানপাউ
৩।৩।০২

## পোনগী থোঙজিনদগী

হকচাং অসে অফা অপূন্নবগুম
ব্রাই ইচিন চিনজরম্বা
থাদোকপিরম্লবদা পী আর মানা
মতু মমান খীংলবা
পোনগী থোঙজিন্নুংদগী,
নানথোচরবা চেক্লাগুম
মনীংতম্না পাইজরবসু,
ফাজিন পুনশিল্লুবগী
শাখপ তোয়বা ঙমজদ্রবা
তেনব্রা কৌবী চেক্লাগুম,
মশা তুশোন মানশোনবা
কংলৈচা হায়দু ওইরবরা?
ফাজিন পুনশিনবিবনা
মথৌদাং ওইজরক্লবা
পী আর লৈঙাক সাসম্না
নৈহৎপিরম্লবা ঙসিগী
কংলৈপাক্কী কংলৈচাশিং,
হিংবগী মহাও পক্লবা

হিংবগী মগুন মাংলবা
ইরমদম ইরৈচানি
অথাও কনবা শাদুনা
অথাও কনবা তান্নদুনা
পুন্সি কয়া কয়ানা
অসুম হিংলম্লসিরা?

সঙাই এক্সপ্রেস
মার্চ ২৪, ২০০২

# লাক্লরোই মতমদো

নীংশিংলগা কল্লিবু কাম্নগনি!
নীংশিংলরোই হায়বসু ময়াদে
খল্লুরগা হেম্না খোয়রাণ্ডই,
যৌবনগী পুন্সিনা ঐবুদি
বিদায় পীবিরক্লে তশেংনা,
ঙসিদি অহল ওইবগী খোঙজিন্দা
লেপ্লরে লেপ্লীংদনা,
পাঙথোক্কে খনবা ঐগী
পুন্সি শিন্থা কয়াদি
তুংওইননা লৈহৌরে অরেম্বদা,
ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং
হৌখিবা খঙহৌদবা মতম্না
পুরকপা ঐগী ইথৌদাং,
ঙসিসু পাঙবা ঙমদরি
মতম মানদি ঙাইবিদে কনাবুসু
চৎখি অরেপ্পা লৈতনা,
অসুম লোইখ্রগদবা
পোকঙমদবা মীওইবা মপোক্নি
নিংঙমদবা কয়াগা লোয়নদুনা,

নীংবা থুংবগী ৱাংমদা
লেপ্লদরা অসুম্না অসুম
হেক খল্লুবা মীকুপ্তা
ৱাদবা ঙমদরে ৱাখলসে,
মসিবু ঐতগী ইরাল হায়দো
ওইদুনা লোইশ্রগদরা পুন্সি!

## থম্মোয়গী তেংথাখোল

ইমন্দনা ইনিঙাই লৈরক্তরে
হায়মন্দনা হায়দৌবা হায়নিংলক্রে
উমন্দনা ইমিৎসে তাঙনীংলে
তামন্দনা ইনাসে পঙনীংলে
মতমসিগী তাইবংপানসে
ডেমোক্রেসিগী ব্রাহম্ভোক্তি
নাকন্দা থৈদুনা থম্বিরে
অচুম্বা মাগী মরুমদা
মকন্থি থোক্লা লাউজবা
কনাগী পেন্দবা খোঞ্জেলবু
তাবিগদবা মহাক্তুনা
তাবিদ্রবদা
নিংঙমদবা চৈনাতনি খাঙজরিবা
অসিগুম্বা চৎনলোচৎসে
অসুম চৎনদুনা লৈরগদ্রা
মসিমক ওইবা তারবদি
চাওখৎপা হায়বদো পামজদ্রে।

# শেলগী নোং চুথরকখি

ভোটকী কুম য়ৌরক্লবদা
শেলগী নোং চুথরকখি,
থাজদবা মীকুপ্তা
য়ুগী য়াই থারকখি।
ঙাওজবা পাম্বা চাকথাওদা
কানিনা শামু য়াইশা
ফাবগুম ফাখি।
অশিংবা শারম্বা প্রজাদো
অচুম্বা পুথোক্কে চোংথোক্লুবা,
থম্মোয় কয়াদি
অঙাওবা তাদুনা লৈহৌই।
অরূবনা মতাইদা
অনৈবনা ময়ায়দা
চেম্থুরি মতমগী ঈচেলদা।
পৈশানা মনতিকনৈ,
হক্কী অরুম্বা খঙদনা,
অশেঙবা পামজনা লাউরম্বদো

খোঞ্জেল ফাখি চাক চন্নাদুনা।
লৈয়েং থংখি,
ঙাগী মহাওনা কনখিবনা,
উপাই লৈতে মীওইবা।
ডেমোক্রেসিগী লমদমসিদা,
শুপ্নমগী শাজৎ চৎলকপা
অকনবনা অচুম্বা শকপ্রবদা
অশোনবনা করি উপাইনো ?
চুন্নে খম্না য়াবা তাই
অশোনবসু হিংনিংলি
অচুম্বগী মরূপ অতোনবগী মপাং
লৈতে ঙসি তাইবংদা
ঈশ্বর মাসু শকউদে,
অহাঙবা অতিয়াদা ব্রাকৎপনি।

হুইয়েন লানপাউ
৮।৯।০২

# কলিগী রাবন

ককিমখৈ চোংথংপা
ফত্তবা রাবন হীংচাবদো
মাগী মকোক কোক্তাদো
নঙগী নকোক্তসু পাল্লবা
হায়বিদে হায়জনু
রাবন মকোক ককঙস্বা
মবুংঙো রামচন্দ্রনি
ত্রেতাযুগতা শায়োনখিবা
নিংশিংউকো
কলিগী রাবন থোরক্লদি
কলিগী রামচন্দ্র পোক্লবনি
নকোক ককপা ঙস্বনি
হিংথং থংপা হৈবনি
নখৌ পোঙনা লাউজনু
নঙক কেন্দুনা তোকচনি।

হুইয়েন লানপাউ
তাং ১৬।৬।২০০২

# ময়েক শেংনা

ইরমদমসে
নখোয়গী নখুবাক্তা
লৈহনবসু য়াই
লৈহন্দবসু ঙম্মী।
ঐখোয়গী হকসে
নখোয়দা শিন্নবনি, শিন্ননিংখিদে।
কাউগনু, নখোয়সে অঙম্বশা
ঐখোয়গী পাওখোল্লোয়
ঙাক্তনিকো।
হায়নবা য়াওদনা
তাক্লবা লৈতনা
ইরমদম কন্নবা
ইমা লৈবাকসে কিস্হদনবা,
নথম্মোয় শেংঙু মণিগুম
কখোকপা তম্মু ষনবীগুম
তুংলমচৎকী খল্লু
লুচিংবগী ব্রাখল চেল্লু
ময়েক শেংনা।

হুইয়েন লানপাউ
তাং ৭।৪।২০০২

## হয়েংমুক্কী মপোক্কদি

পুক্নি পায়দুনা খাংলকপা
কুমজা মশীং য়ান্নক্লে
প্রজা মশীং য়ান্নক্লে
ফংফম থোকপনা ককথৎপিবা
পীফম থোকপসু পীবিদবা
নুঙাইবনা অব্রাবা উবিদবা
অরৈবনা লৈতবা খঙবিদবা
পুন্নমক নব্রাচান্নি খনবিবা,
মবুক থন্না চাবনা
মবুক য়াওদববু নাচুংবিদবা
অপীকপনা সুম পীকশিনবা,
অতোনবনা তোন্না লৈবা
শঙ্গ লৈবা কয়ানা
মীরক তিনবা শক্লবা
মান্নবা খুন্নাই শেম্নবা
ব্রাথল খনবা হৈত্রেবা
খুন্নাই অমা ওইরেদো,
নীংঙমদ্রবা পেন্নদ্রবা

*মৈরা পরেংগী থাউঁমৈ ৬৫*

থৌদোক য়াথোক কয়ানা,

ইতিহাস ওইরবা লমদমসে

পোক্নফম্মি ঐথোয়গী

*হয়েংমুক্কী মপোক্তদি*

অন্দমান নিকোবর তোর্ব্বানদা

মোইবুং ওইনা পোকচরুগে।

নহারোলগী থৌদাং

এপ্রিল ২৮, ২০০২

## ইমা ইমোইনু

লেংশিনবীরক্লসি ইমা
ইমোইনু লাইরেম্বী
নচা ঐখোয়গী মল্লবা
সঙ্গাই নুংসিদা,
ওমজবা মথেল খরনা
ইমাবু তরাম্না ওকচরি,
পীনবিরো ইমা নওনা
ব্রাস্ত পাদ নুঙাই য়াইফ
মরাং কাইনা হিংজবা,
ইমা নওগী থৌজালদো
ইকোকথক্তা হাপ্পিরো
খুরুমজরি ইমা ও
ইমোইনু লাইরেম্বী,
তুংগী য়ুম্বীরেল ওইরক্কদবা
নপারী নমোম খিবিক্তা
লৌশিংগী মৈরা চুখৎপিরম্মু,
পলেমগী লমন শিংজনবা
শিন্থা পাওবা ওম্বসু
পীনবিরম্মুকো ইমা ইমোইনু।

# মৈচাক

ইমা মালেম পৃথিবী
নচাদি ব্রায় খল্লুবদা
কায়নবা কয়া নংগ্রবসু
চৈথেং কয়া ফংগ্রবসু,
খাঙবা ঙন্রি ঙসিফাও
ইমা নঙগী নতস্বাক্তা
অদুবুনে পলেম নুংশিবী
থব্রায়গা হকচাংগা কায়ননি
নোংমদি শোয়দনা ঐগীসু
মসিগীসু ব্রাদেদো নচাদি,
ইমাগা কায়ননি খনবদা
অরুস্বা পোৎলুম্না ইথক্তা
নস্থবগুম খল্লেনে ইমা
মীৎকুপ খুদিং খল্লি
ইমাগা কায়নবগী ব্রাখল
খল্লগা মৈচাক ফংলে
হিংলিঙৈদা ঐদি কায়নবগী।

হুইয়েন লানপাউ
তাং ১৩।৪।২০০৩

# ভিক্ষারী

ভারতকী নোংপোক চিদাইদা
ঈংনা চিক্লা হায়না হুম্না পাল্লিবী
ব্রাত্ত-পাদ ঙাল্লিবা, থৈন য়াংকোক মানবীও
মণিগী লৈবাক মণিপুরনি
হায়রম্বদাইনে অদুঙৈ মতমদুদা,
ঙসিনা করি ওইরবা!
শান্তিগী মহুৎ ওশান্তি!
মীয়ানচাগী লৈঙাক সাসন্দা
মংফমতনা থল্লবা মণিপুর
ভিক্ষারি ওল্লবা কংলৈপাক,
নিংথিরবা ঙকশমদুদা
মচু কয়াগী তাইনা লৈতেংদুনা
মীয়ানচাশিংদুগী থোংজিন্দা লেপ
নিজবতনা ইথৌদাং ওইরবা,
নচা ঐখোয়গী ইরাইবক
কনানা লেপ্পীগদগে ইমা।

নহারোলগী থৌদাং
তাং ২০।১।২০০২

# হায়ররোই ঐদি

বসন্ত ঋতুনা লাকপসিদা মালেমদা
য়েন্নিং হুল্লবা হৈরাং লৈরাং
শংবান্নবা ফিজোলতনা লৈতেং ওইরবদা,
য়েংলুবা খুদিং ইনৌতা নৌই
থম্মোয় মাসু য়েন্নিং হুল্লবদা,
মাগী মিৎয়েংতনা হংলিবা
ব্রাহং কয়াগী পাউখুম
লৈ ঐগীসু লেংদনা থম্মোয়নুংদা,
ব্রাহৈ ওইনা চীনবান্দগী
থোরক্কনি হায়বদি থাজদ্রে,
হায়গে খনবসু ঙমদে
ফোঙদোক্লগে খনবসু য়াদে
সমাজগী চৎনবী পলসিনা
ব্রাংনা চাউনা থাম্রবসু চেৎনা,
ঐগী ব্রাখলগী নুংশি ঈপাক্তা
মাগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা
নুংশি ঈনোৎ অকনবনা
ঐগী থম্মোয়গী তোর্বান্দা

তত্তনা য়ৈররি মনিং তম্মা,
খাঙবদদি শাথিনা ব্রায়
নুংশিগী চৈনা শকউদবা
কনাগী মফমদসু লিররোইদবা
মাগী নুংশি ব্রারীসে,
থম্মোয়গী থুপ্লবা কাচিন্দা
মাঙখ্রসনু মদোম কনা খঙদনা
হায়ররোই ঐদি নঙবু নুংশি হায়না।

হুইয়েন লানপাউ
তাং ২৭।৪।২০০৩

## অদুবু কুন্দো পরেংদুদি

নঙগী লাইবক্তা অঙৌবা চন্দন
অদুগা অঙৌবা কোকয়েৎনা
কোক্কী লৈতেং ওই
অঙৌবা ইনফী অঙৌবা ফৈজোম
লোয়নবা অমুবা ছাটিন খল্লদুনা
চিংলেম্বা মাইথোংদুনি শক্তমদুনি
ঐনা থব্রায় তাজনা য়েংনিংখিবা,
অঙৌবা ফিজোলতনা লৈতেংলবা
নঙগী নুংশিরবা ওকশমদনি
ঐগী ইখুৎসিনা লেংজদুনা
অঙৌবা মচুগী পুম্বুম তাবা
কুন্দো পরেং নীংথিবা,
শাবী শানৌ কয়া কয়াগী
নুংশি লৈপুন শেম্ম-লৈদো
হুক্কে খঞ্জখিবা থম্মোয়না,
অদুবু খণ্ডহৌদ মীকুপ্তা
লাকখি নঙনা ঐগী থোঙ্গালদা
ঐনা পামজখিবা ফিজোলনা লৈতেংদুনা

বেঙ্গুল বজাইগা লোইননা,
নুমিত্তুমক্তদা উজবা ফংখিবনি
উনিংবা নঙগী হকচাংগী দৃশা
"অদুবু কুন্দো পরেংদুদি"
লন্নানবী মাগী শরুক তন্নমখি
ঐগী অনিংবগী ওন্ন- তৈনবদা
নঙগী নুংশি পন্থুং শেমখি
নুমিত্তুদা ঐগীদি পুন্সিগী
নীংবা কাইরবী ওইখ্রবনি।

হুইয়েন লানপাউ
তাং ২০।৪।২০০৩

## বলিগী হামেঙ

থামন্না অহীংগী
অচিকপা থুগাইদুনা
ফীরাং শেংপা
মশক মশা খঙবা ঙমদবা
মাইথুম উপ্পা
মখোয় খর লাক্লগা
নুঙাইনা তুমদুনা লৈজরিবা
নুংশিরবা মচাদো
হৌদোক্লুনা পুথোকখি
মাইগৈ খঙদ্রবা লম্বীদুদা,
মচাগী মরাল করিনো
হংজরুবা মমাদো
নুংশি হৈত
ইম্থোক্লুনা থম্বীরমখি,
তেংথা নাওই
ওম্না থোইনা খাঙহৌই
অহীংদো ষানা নোংঙানবা ঙাইঙমদনা,
মঙক কক-কক্লুনা হাত্তোকপীরবা

বলিগী হামেঙগুম,
পুন্সি খোয়রেল য়ৌঙমদ্রবা
থাঙুথকী মপোক্নুম
হিংবগী নুঙাইবা য়াওদ্রে মালেমসে,
নুংশিবগী য়াখল চেন্দ্রবা
মথুংশিংদুনা
মমাগী সিয়োমুংদা
থাবুম তরা নাওপুদুনা
তাইবঙদা পোক্লকপা মচাদো,
মোর্গগী থোংজিন্দা লংশিন্দুনা
অশি লম্বীদা চংহনবীথি,
মরাল পুম্বা থব্রাই য়াওদ্রবা মাতগীনি
পাওথুম অমা ফংলরোই,
মাগী থব্রাইদি থঙদে
হকচাংদুদি অমুক লাক্লরোই।

## মেরা থাউমৈ

কংলৈ ইমাগী মশাইকোন্দা
লোয়বী চীংশাং পরেংশিংসে
খুন্দা লৈতাদবসু য়াদেদো,
তম্পাক লমদম লমনুংশিবু
থাদোকপসু য়াদেদো,
অদুঙৈ পুব্রারীগী ব্রারীনা
পাঙ্গল মপুং ফাদ্রিবা
মনাও ওইবা তম্মীনা
লৈহৌবনি হায়নরি
তম্পাক লমদমসিদা,
চাওবা শরেপ ফারবা
ময়াম্বা ওইবা চীংমীনা
চীংশাং মাবু ঙাক্লবা
কাথিবনি হায়নৈদো
অব্রাংবা চীংগী নাপোমদা,
মচিন-মনাও ওইবা অনিনা
কাইনরমদাই মীৎকুপ্তা
হিংলি হায়বা খঙজনবা
মেরা থাগী পুর্ণিমাদা

তমগী শুমাং খুদিংদা
মেরা থাউমৈ থাল্লকউ
ময়াম্বা ওইবা মফমদা
মনাওবু লৈরি খঙজগে,
অসিনচিংবা হায়নজ
মনাওনা তমদা লৈহৌরে
ময়াম্বনা লোয়বী চীংদা খোংশানখি,
অসিগুম্বা মৈহৌরোলগী
ব্রাশক ব্রারেপ লৈজবনা
মনাও ওইবা তম্মীনা
মেরা থাউমৈ ব্রাংনা থানজ
ময়াম্বগী মফমদা
হিংলি হায়বা তাকচরি।
নুংশিরবা ব্রারীসিনা
মচিন-মনাও ওইবগী
চীংমী তম্মী অনিগী
থম্মোয়গী নুংশিনবা কিশিবু
কনানসু থদৎপা ঙম্রোই
য়েক্ক লাংবু থাকপা য়ারোই
পুব্রারীনা শাখিনি।
অব্রাংবা চীংথক্তগী চেম্হ্রকপা
লুরবা লাইজগী মতৌগুম
অদুঙৈ নুংশি ঈচেলদো
মনাও ওইবা মফমদা তৎফদে।

## পৈশা পৈশা

নমীংদি য়াম শাংদে
নগুনদি পাক চাওই,
সংসারসিনা শোম্নরি
নগুবুতনি কনাসু নত্তে,
নগুগীদমক হিংবনি
নগু য়াওদ্রবা পুন্সি কয়া
ঝানা থাংলি,
হিংগুমদবা মহিংদা হিংলি
হিংবগী মহাও য়াওদনা,
নগুনা লাকউ ময়াদ্রবদা
অতোনবা মীংথোল ফং
লাইরবা শিংদা চন
হায়ফম খগুদবা অব্রাবৈ
চৈনা থাংজরিবা কয়াসে
নগুদি উদ্দবরা?
নগুনা কনাগুম্বগী মনাক্তা
তোয়না তোয়না চগুলবা
মনাক্তুদা লেংদনা হেক লৈরবা,
মহাক অদো

থাক ব্রাংবা পুন্সি পরিংদা
হেক্তা চিংখত্নুনা থব্বীরে মীয়াম্না,
নঙ য়াওদ্রবা মহাক্তো
মশক ফজৌ য়াদরে
মীনা বেব্যহার থমদরে,
নঙনা মীওইবগী পুন্সিমমল লেপ্পী
পৈশা নঙবু তানবদা
তাইবঙ পুন্সি কয়া কয়া
ফংঙমদনা লোয়খিবনি,
পুন্সি কয়া অমনা
নঙবু তানবগী তানবদি
লেপ্পা লৈতে মতানজে।



# অইবীগী বাইও-দাটা

লৈশাংথেম ইবেয়াইমা ইংশোক ১৯৬০ ফেব্রুয়ারী তাং ১০ দা তাওথোংদা পোকই। অপোকপগী মিংনা লৈশাংথেম ইবোবী সিংহ অমদি অপোকপীগী মিংনা চবুংবম নিঙোল লৈশাংথেম ওংবী অঙৌবী দেবীনি। মচিন মনাও মঙাগী মনুংদা অনিশুবনি, নিপা অনি অদুগা নুপী অহুম্নী। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইবা পাবা শৈরেং থিবা পামজনা হৌরকই। শান্ন-খোংনবদসু থবাই য়াওদবা নত্তে। ছাত্র ওইরিঙৈ পুন্সিদা খো-খো মশান্নদা মণিপুরগী মপান্দা চংতুনা লমদমসিগী মহুৎ শিন্দুনা য়াওরুই। পামজবা হায়বা শিনফম অসিনা অহুন নহাগী ঝাফমবু কাওথোকপা লাকই চহি মতাংসিদা ভেটেরিয়ান টিমদসু ৱালকিং রেস মশান্নদনা মণিপুরগী মপান লমদা চত্তুনা শরুক য়ারকই। পান্জল ময়েং তারক্লবা মতমসিদদি ইবা পামজবা শিনফম অমুক থিরতুনা ইবা হৌরকপনি।